# মেলা অমা পুন্সি অমা



এম. এ. হাশিম

**MELA AMA PUNSHI AMA**, a Collection of 95 Poems in Manipuri
Written by **M A Hashim**

অহানবা ফোঙবা : এপ্রিল ২০০৬ ইং

লাইবিক মশীং : ৫০০

ফোঙজবা : মুসলিম রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগীদমক
এম. এম. অহমদ -না ফোঙজবা

মমল : লুপা ৮০/-



মখুং : কলেক্সন

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# ফোরমগী ৱাবোল

পাক্লবা সাহিত্যগী ঈপাক অসিদা অপিকপা ফুব্দপ অমনা ঈতিল্লবা হায়বসি অবাইবা থবক অমা নত্তে। মণিপুরী মুসলিমশিং অসিসু লমদম অসিগী হৱা-নুংশিৎতা চাউবকপা, অচৌবা ফুব্দপকা নকশিন্নবা অমসুং মীতৈলোলনা মমা মবোল ওইবনা লোল অসি চাওখৎহন্নবা হোৎনবদা চোকথবা লৈতনা অঙম্বা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি।

মুসলিম রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা মণিপুরী লোলবু অয়ৌবী থাক্তা পুখৎপদা ঙমজবা মতেং পাংনবা লিঙ্খৎখিবনি। ঙসিসু ফোরম্না অইবা/অইবী কয়া পুথোক্লবা হোৎনবা লেপত্রি। এম. এ. হাশিমগী শৈরেং লাইরিক ''মেলা অমা পুন্সি অমা'' ফোরম অসিগী ৬শুবা লাইরিকনি। মসিগী মমাঙদা অইবগী অহানবা লাইরিক ''জানকী'' (নোবেল) ইং শোক ১৯৯৯ ওক্তোবরদা তাইবং সাহিত্য মব্দপ, মযায় কৈথেলনা ফোঙখি। অইবা অসি মচিন তুমখৎলক্লিবা অমসুং তুংগী আশা থম্লিবা মীশক্লি।

সাহিত্য জগৎতা নৈনবগী লোইবা নাইবা নত্তে। অদুনা পূকচেল শেংনা লাইরিক অসি কোপী অমমতং লৌরিবগা নৈনরিববদি হাযনিংঙাই লৈতনা থাগৎচগনি। বনানগী মতাংদা যারিবমখৈ লান্দনবা হোৎনজবনি। কবিগুম্বা অবানবা য়াওবন্নবসু মথংগী খুৎনমদা চুমথোক্লবা তাঙ্গা পীরিগনি। অবোইবদা শৈরেং লাইরিক অসিবু মমুত তানা নৈনবিদুনা মশাগী ওইবা মোত পীরিবকপগীদমক ইকাইখুম্নজবিবা জনাব অলহজ খৈরুদ্দীন চৌধুরী রংপুর কছাররবু হন্ন-হন্না থাগৎচবি।

ইম্ফাল

তাং ১০।৩।২০০৬

এম. এম. অহমদ

সেক্রেটরী

মুসলিম রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

# মেলা অমা পুন্সি অমা পাকবদা

মাযকৈ মবীদা পেন্দবা অমসুং হিংসাগী মৈবীদা মৈশা লাংলবা খুনাইসিদা অথোৎপা নুংশিবা ব্রাহৈগী লৈবাং খুজোক অমা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা খুদোল তন্নকপা হাযবসি ঐখোযগীদমক্তা লৈকংলাদা ঈশিং খুজোক অমা ফংবগুন্বনি। এম. এ. হাশিমবু মণিপুরী সাহিত্যগী জগত্তা তবাম-তবাম ওকশিঞ্জবি। সাহিত্যগী বিচাবদা তুংকোইবা মচাক যাওবিব্রা য়াওদব্রা মদুদি অপাবশিংনা পাবিবগা লেপকদবনি, মতমনা তাকচবক্কদবনি। অদুবু ঐঙোন্দা ফাউখিবা ব্রাখল খবদি পঞ্জনীংলুবদগী ব্রাহৈ খবদং থমজবিবনি। কবি হাযবসি থম্মোযগী ব্রা ঙাংবা সিল্পী মখল অমনি। মবমদুনা কবিতা থম্মোয়গী লোননি হায়বদা হাযমনবা থোকলোয।

কাব্য' সিদা যাওবিবা কবিতাগী হীবমশিং লৈশেন্বা মপু, মহাক্কী অথোইবা সৃষ্টি প্রকৃতি, মীওইবা, প্রেম, কখোকপা, খুনাইগী অব্রা-অনঙ, হোংলক্লিবা সমাজ, লৈঙাকলোন অমদি মীওইবগী লাক্কদৌবিবা পুন্সিগী মবমদা কবিগী ব্রাখল মঙলান অমদি মিপাইজবা থেংনবিগনি। মফোংদোক্তা, ব্রাহৈ-ব্রাতা শিজিন্নবদা কবিনা মহাক্না হৈনবা মওংদা শিল্পী অমগী মতিক মগুণ ফোঙদোক্লি। অপাবশিংদা নুংঙাইবা পীবা ঙন্নববা, ঙমদ্রিববা হায়বদুদি ভাবোকশিংনা লেপ্পীগদবনি। ঐঙোন্দদি কবিনা খুনাইনা মপুমথিৎনা খঞ্জবা অমদি ফোঙদোকপদি ঙমজদ্রিবা ভাবশিংদুবু কবিনা কবম্না ফোঙদোক্লিবা অদুখক্তং পঞ্জনীংই।

খুনাইগী নীংবা কাযববা, থবক ফংদ্রবা নহাবোলশিংনা মখোয়গী হিংবগী দাবীবু তুং ওইনবিবা, কোমথোক্রবা লৈঙাকলোনগী অমোৎপা লীচৎতা পেন্দ্রদুনা খুৎলাই পায়খৎলক্রবা তাঞ্জাদা আইন অমসুং শৃঙ্খলা ঙাকপগী মমিংদা লান্মী থাজিন্দুনা খুনাইগী অচিকপা, অতপ্পা পুন্সিদা থোকহল্লিবা তমথিববা থৌদোকশিংগী নমুনা অমা কবিনা ভাবোকশিংগী মফমদা থমলি মদুদি-

'পোকপদা ঙাযবিবা অঙাংনা
ঙাইহক কপ্লবা তুংদা
সিফাইগী কোলোয়দং পনবদা
মোমোন নোক্রকই, নোকফেৎ তৌবকই।'

পেদ্রবা নহাবোলশিংনা লৈঙাকলোনগী মাযোক্তা খুৎলাই পায়খৎলুবগী মবমদগী

খুনাইগী য়ুমথোং খুদিং কোম্বিং ওপবেসনগী মহৈ ওইনা সিফাইনা লম হেঞ্জিলকপদা নুপী অঙাংগী ইজ্জৎতা শান্নবকপা, অফ-ফত্তা খাযদনা শুপ্পগী নহাবোল পৃম্নমক্কী মথক্তা মীৎযেং খাজিল্লকপদা থোকলিবা মীহাৎ-মীপুন্না য়ুমথোং খুদিংদা তেংথা-খোঞ্জেল নীল্লক্রবদা কবিনা হাযবি-

'ইমাগী সনা মতুম নুংশিবা
অঙৌবা চেবাংথক্তা ইচাগী খৃৎনা
যেকলুনুকো নোংমৈ অমত্তা ইচানা।
যেকলুবা তাববসু কবিগুম্বা
ওন্থোকউ খুদক্তা লৈবাং ওইনা,
.................
মখোক্না লৈমাযদা য়ুংশিল্লু।'

মীওইবগী অমোৎপা, কবাম চাউবা শাজৎতা, মীওইববু ওৎ-নৈবদা, অশোনবগী হক মুন্দুনা চাবা উবদা কবিনা শাউনীংবা অমসুং নীংবা কায়বগা লোইননা হাযবকই,

'লংথোকখ্রো নঙগী থম্মোযসু
পুন্সিদি মেলানি
কপ্লনু অমুক শেগাযবো মখোয়গুম
হিংজনবা নঙসু
মেলা তৌবিবা মীগুম্না।'

মহৌশাগী নিংথিবি শক্তম নুমিৎ, থা থবানমিচাক, উপাল-ব্রাপাল, চীং-পাৎ, তুবেল ঈপাক্কী ফজবা কবিতাদা ফজনা মমি তাহল্লি। উচেক-ব্রাযাগী খোঞ্জেলনা নিল্লবা উমংগী ফজবসু কবিগী থম্মোযদা খোন্থোং যৈবি।

গুলমোহব পাম্বীদা তোংলদুনা অপিকপা চেক্লা অদুনা ঈশিংনা থল্লবা গুহা মনুংদা উকবে তাক-তকবা ঈশিংদা অতিযাগী মমি, অদুদগী চেক্লাদো হাংল'অতিযাদা পাইখৎখি। মথংদদি কবিগী চেক্লানা খুনাইগী মীওইবনা মপাবী মমোম শিবগী অবাববু শৈথাদুনা তেংথাবা উবক্রবদা, অশুকপা উমংদসু নোংমৈ শীদোক্নুনা শেম -শাবা উকবদা কাইদোংফম খঙদনা পাইথোকখ্রে।

কাযদোংফম খঙজদ্রবা অপিকপা চেক্লাগুম গতি লৈজদ্রবা খুনাইগী প্রজাশিংগী তংতাফম খঙদ্রবা পুন্সিগীদমক্তা কবিনা অব্রাবা ফোঙদোক্লি। য়াম্না চন্নবা লোনদা পুন্সিগী খোঙচৎ হৌবদগী অবোইবা ফাওবদু ফোঙদোক্লি।

'নঙদি অয়ুক্কী কোবৌগুম /কয়াদা নিংথিজববনো /মশেক-মঙালগা লোযননা/ ব্রাংখৎলক্লিবা অসুম অসুম /অতিযা পক্লা /অদুবু খঙহৌদে/ তুথবক্লি নঙদি / মহৌশাগী মতৌগুম/লোন্থোক্তবী সন্ধ্যাদা/ অহিংগী চবন্দা/লেঙদ্রবা ঈপাক্তা।'

পোকপা - শিবগী লোইনায়দ্রবা ঈচেল’সিদা কায়নবগী সুব অমনা ঐখোয়বু নীংঙমহন্দে।

‘অতিথিনি ঐদি

নঙগী শঙ্গায়সিদাঃ

..............

মীৎকৃপ খবগী তুংসিদা ।

নঙনদি তাম্থোকনিংলি ঐবু

...............

(অদুবু) পাইনিংলি ঐদি লৈকোলসিদা

ইনিং তম্না।’

মায়াগী তাইবংপান থাদোক্তুনা চৎলবা মীওইবনা তুংদা হন্ন-হন্না যেংলগা পিবোযননা শোল্লি থম্মোযশোক্লা-

‘শিজনিংদে ঐদি নিংথিবি তাইবংদা,

মীওইবগী মবক্তা হিংজনিংই ঐদি।’ - ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব

মীওইবগী পুন্সিদি কাযনবা, নীংবা কাযবা কযানা পীকথল্লবা পাত্র অমনি। অদুবু কবিনা মৈবা অমা পামজবম্মী পুন্সিগী অমম্বদুতং কোকচনবা। অদুবু লৈশেম্বা মহাক্কী লিলানি ঐখোয়গী পুন্সিগী থৌদোকশিংসে। মহাক্তনা খঙই কনাগী য়াইফবা কদাযদা লৈ। অঙকপদি মপুগী খুজিন-থৌবাংনি। ‘ঐখোযনা পামজকবদো অবানবনি/ ঐখোয়না ফংলিব’দুবুনা ঐখোযনা পামলুদে।’ অঙকপনি পুন্সিগী লীচৎসু’

কবিনা অবোইবদা হাযবকখি মতম খুদিংগী চুন্নবা ব্রাফম অমা-

‘খঙলে নঙদকী লিলানি পূম্নমক

শান্নজবনি পাংদ্রবা ননাইনা

নযাথং ঙাকচবা মতমগী ফম্বাক্তা’

সেক্সপিয়াবগী অফাউবা লাইন অমা নীংশিংলকই মতাংসিদা। তাইবংপানসে ষ্টেজ অমনি। মীওইবশিং শান্নবোযনি, শক্তমশিংনি (Actor অমসুং Actress নি) ঐখোযগী চংশিনফম অমসুং থোকপম লৈ। পোকপা-শিবা থোংজাউ অনীনি। চংলবদি থোক্লদবনি।

We have exits and entrances

তাং ২।৩।২০০৬

খৈরুদ্দীন চৌধুবী

ইকবাল সবণী

বংপুব ৪র্থবা খণ্ড, শিলচব ৭৮৮০০৯

# ৱাহৈ অমতং

শৈবেং অমা ইকবগা লোইশিল্লকপদা নুংঙাইজবা অসিনা শৈবেং ইনীংবগী ৱাখল হেঙ্গৎহল্লি হাযবা তাই। শৈবেং খবদি মণিপুবগী মক ওইবা নুংতিগী পাউ চে খবদা ফোঙজখ্রে অদুবু লমহেল্লবা ৱাখলসিনা নমদুনা ইখূৎ অসিবু শেমদোক-শাদোকহল্লি। মসিগীদমক ঙাকপিগনি। অতেনবা শৈবেং খবদা মরূপ-মপাং খবনা পুক্লিং থৌগৎপিবদগী লাইবিক অমা শাগৎপদা মতেং ওইজখি। চাংয়েং ওইনা লিমেবিক অমা অনীদং য়াওখ্রবা খল্লি। থম্মোয় শেংনা হায়জববদা ইয়াম্বা কয়ামুদ্দিন পুখ্রিময়ুম লৈবীঙে মতমদা খূৎই অসি মশাদা শিন্নজবনি। মহাক্কী পাউতাক মতুং ইন্না ঐঙোন্দা শৈবেং চামা শুনা ইনবা থৌনা হাপ্পীবশ্মী। ইয়াম্ববু কবম্না কাউথোক্কনি।

লাইবিক মচা অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা মপুং ফানা দাইত্ব লৌবিখিবা মুসলিম রাইটর্স ফোরমগী মেম্বরশিং, সেক্রেটরী এম. এম. অহমদ, ফোরব্রার্দ পীবিরকখিবা খৈকদ্দীন চৌধুরী অমসুং মরূপ-মপাং খুদিংমক্কী মফমদা লমন তোনশিঞ্জবে।

ময়াম কৈথেল                                                    এম.এ. হাশিম

তাং ১২।৩।২০০৬

## যাওফম তাকপা

শৈবেংগী মমিং/লমায

# ইচাদি সনা মতুমনি

মনা মনিল নাইদনা তুল্লিবা
পীক্লিবা নাউৱা মাগা ফমুংথক্তা
থেংল' অহিংগী পুংজা'মদা অপোকপীনা
তুম্মু য়াদ্রবা মীৎন্না অনীনা উইশিন্না
তপ্প-তপ্পা ফৈজুপথক্তা নাল্লদুনা মচাবু
নাপ্পা চীক্লা ব্রাহৈনা
পাউমেল্লকই তপ্পা-
'ইমাগী সনা মতুম নুংশিবা
অঙৌবা চেবাংথক্তা ইচাগী খূৎনা
য়েকলুনুকো নোংমৈ অমত্তা ইচানা ।
য়েকলুবা তাববস্ কবিগুম্বা
ওস্লোকউ খুদক্তা লৈবাং ওইনা
মখোক মচি'মদগী মচেৎ-মচেৎ
য়েকউ লৈনা ওইনা লৈবাং ওইনা
মখোক্লা লৈমায়দা য়ুংশিল্লু ।'

নৌজবিবা অঙাংনা মহৌশাগুম
চৎলি লাইজা ফমুংথক্তা
মতমসিদা অপোকপীনা হায়জৈ-
'চাইবিয়ু লাইজা অদুম্না
হৌহল্লু লৈবাংবু ইচাগী খূৎনা
ইচাদি সনা মতুমনি ।'

''ইচাদি সনা মতুমনি''
শোঙ্গে হঞ্জিন-হঞ্জিন অসুম্না
মদুদতা পোখাজখি পলেম্না ।। ☐

## কবাম চাউবা

পূকথোনবা শেঙ্গাবা ময়ামদু
হাওবমদবোই নীংদুনা
নবক্কী মহাওসু তংলি
চোংল-চোংলদুনা।
মরুভূমি তবেৎকী অশাবা নুমিৎনা
য়ৈবি মশা পূম্বা
অমনা অমদা হংনৈ
'ভাই হুমাই যাওবিব্রা ?'
'দুবু নবক্তা হুমাই লৈতে।।□

## পঙথবা অমসুং পঙথদবা

পৈসাদি ঐগুম চবেং-চবেং তৌজদে
ঙাঙবু ঙাঙলক্লবা ঈংনা তপ্পা ঙাঙজদে
মানবু ঙাঙলক্লবা চাউবপ-চাউবপ
মানবু যেংলক্লবা ফল্লপ-ফল্লপ
লোৎচখি অচুম্বনা ইকায়জবক্কুনা ।। ☐

## মনিল

ফিনা খুন্নবা থম্মোয়দৈ
কাখৎলকপা মনিলনা
পাক্ল' মিংশেলসিদা য়েবদা
তাবকই ঈবিক ওল্লদুনা
মীৎ - মায় চোৎপমখৈ ।। ☐

## কিহল্লকপা

ঐদি নীংশিংলুদে নোংমতা
সন্ধ্যা ওইরক্কনি হায়বা
অদুনা লুহোংলি ঐনা
পামজবী মখোয়গা হঞ্জিন-হঞ্জিন
পুন্সিবু পেলহনগে মতাগুম।
পেন্নাইদ্রবা থম্মোয়না
অনৌবা পুন্সিগা লোয়নকই
অশিবনা নোকলি ফাক-ফাক
ঐগী ইতৌ য়েংলগা।। ☐

## অনৌবা থুংলবা লাইবক

মঙ অমা মঙলুই শাংনা হিংবগী
হিংবা অমা ওইনীংলুই ঙসিমক শিবগী
অদুবু ঐগী নোংমৈনা মথক্তা
থাঙ্গৎলকই লেপ্তুনা মথক্তা
ঐগী কোক্তা কীৎ লাউনা নম্নকখি ।। ☐

## ৱাখল

অঙাং অমা ইকজবী মমানা
নোক্ল-নোক্লা হৈথবী লাইজা
অদুদগী খুদেং অদু থাঙ্গৎলকই তপ্পা
অঙাং অদুসু য়াল্লি য়াম্না কন্না
মমানা লংখি মচা যাওবা খুদেং লাপ্পা ।। ☐

# চীবোল হৈবা খোইমু

খোইমু নঙনা
নমূ পান্দে হায়জিন্নরদুনা
অদুগা
লোৎশিল্লদুনা নচীনবান্দুদা
খোইহী খবদং
কবিগী চূপ্প্রি লৈহীতবু
লৈখোং খুদিং পাইব-পাইবদুনা।
কৈদৌঙৈ তম্বগে পাডাদো নঙনা
ঐগী ইফমদগী ? □

# নৈমিন্নবা

নুমিৎনা হেক শিজবগা
খুদক্তা পোৎলোইবী সন্ধ্যানা
মথৌ-কর্ম্ম পাঙথোকই থা-থব্রান্না
কপচৈ পেহৌ-পেহৌ লীক্লানা
মতৌদুদা পেল্লবা নুমিৎনা
হন্ন-হন্না নোক্লবি ॥ ☐

## সঙ্গ ফত্তবা

নোংমৈ মক্ক নঙনা ঙাওশিন্নবদুনা
থোবকই চুমদ্রিং
কবিগুরুদা 'পাঙদবা' হায়না লাউবন্নগা
লম্বীদৈ থব্রায় মাগা লোয়নবদুনা
চৎখি নঙদি
কদাযদনো তাক্রমদনা
কনাবুসু খঙহন্দনা।

নঙগী নতৌদা
নোকলুবা ঐগা
ইঙাও-ঙাওজবা নঙগা
কৈদৌঙৈ তিন্নজখিবা
নীংশিংবা থোক্কে ইবানি।। □

## জগোই

য়াইফবা অঙাংসিনা
লাইববা নাউৱাগী অপোকপী'সিবু
মুন্দুনা ফন্নি নুমিৎ থুদিং
শান্নবি মতম্বাক্তা ওন্না-থোইনা।

লাইরবীনা নোকশিন্নবদুনা
শাবকই জগোই তিম্থংলক্তা
পুগদবগী চেম্লবকপা ঈথেংদু
থক্লনবা মচাশিংনা॥ □

## কাইনথংদা

লেপ্পখি অঙম্বা অমা
মরূপ অমগী মাঙদা
তবাম্না ওকচবদুনা অতিথি মাবু
নোকচখি মরূপ্পা য়াম্না পেন্না।

ঐদি নুংঙাইবা পোকচখি,
ঐনা তুমিন্না লৈজখি
ঐনা অদুম্না নোকখিদে,
ঐনা তাং তৌখিদে।

অকনবা পুন্সিগী চৈথেং'মদা
ঙসিদি চৎলি ঐ
ঐগী মরূপকী মনাক্তা
নোক্তে, ঐবু উবগা নোকখিদে মহাক।

পুন্সিবু চীনবানসিনা উমশিঞ্জগে
হোৎনজবা মীৎকুপ্তা
নোকথোকখি চীনবান্না মদোম
য়াম্না পেন্না ॥ □

## কুন্দো পবেং

নোংমতদি 'হোয়' হায়বিয়্ কৈদৌ'গে
লুহোংদনা তোক্লদবনে ইবানিবু
ঐদি ঙাইঙমদ্রে নঙগী নতৌসিদি
ঐদি থাজবক্তে নঙগী নশকসিদি
নুংশিদববনে নঙনা মক্ল'ইমায়সিবু
পামদববনে নঙনা পলেম ইমাবু...?
(ওঃতল্লমানে লোংশ্রেনেসে)
ঙাইখো 'শান্তি, শান্তি, শান্তি'
হল্লকখো ঐগী নাক্তা
কনা খঙদা ছক্লখো
ঐগী ঙক্তা কুন্দো পবেং ।। ☐

## উপাই

অবাপ্পদসু
অনকপদসু
যেংঙু ঃলৈই ময়ামসে পল ময়ামসে
অমত্তা চুমথোকচবা ঙমজদে
ঐগী কলম্না
অমত্তা নমথায়বা ঙমজদে
ঐগী খুৎনা,
অদুনা
থিবিবনি ঐদি
ইখুৎনা খোমদুনা পুজবগে হায়না
ঐগী মংফমদা মখোযবু
অদুগা তূমলুবগে পেন্না
থৌনা য়াওদ্রবা মায়খুমশিংদুগা।

অদুদি য়েনথোকপিবোনে ঐবু
অনী খোক্লা
ঙবাংনা পোকত্রিবা ওইনা
ঙসিনা শিত্তবা ওইনা ।। □

## খ্বাঙচেৎ লাকশিনবিবা

বিচাবপতি ওইনা ঐনা
ব্রায়েল্লুই মীবু
অদুদগী চৈনীংলকই ইশানা ইশাবু
মীৎকুপ অমত্তং শোম্থখি থম্মোয়সেঃ
খ্বাঙচেৎ লাকশিনবিরি
মীয়াম'মনা ঐবু
অদুদগী চিংশিনখি ঐবু
কদায়দনো খঙদনা ॥ ◻

## থব্রাযগীদমক

অঙাওবা ওইবি
ঐসু-নঙসু-মাসু
ঐখোয় পৃস্বা ঙাওনরি
অমদা অমদা
অদুবু ফিজোলদি নিংথিজবি ঐখোয়গী
ভ্রওদবা মান্না চৎলি ঙাওববশিংনা
শুপ্নতগী -
থব্রাযগীদমক।
লাম্হেংনবি পুন্সিনা
শুপ্নতগী হিংজনবা
পাযশিঞ্জবদনা থব্রাযবু থুৎলাই ওইনা
অদুবু শিবি শকখঙদবা লাল অমদা
থৌওইদনা কাপখায়বক্লি ফি -শেচ্চবশিংতবু
শুপ্নতগী-
ফিথোংদ্রবা অঙাওবদু নত্তনা।
অদুদি ঐখোয়
লৌথোক্লসি ফিজোল
ঙাওবসি অঙাওবা মা-শুম্না
ঙাঙলসি ঐখোয় অঙাওবগী লোল
শুপ্নতগী-
থব্রায়গীদমক ॥ ❑

## চাক্রাম ঈশৈ

অশি চাক্রেন লাঙ্গাউদা
চেং পুব চেং শিং
মীনুংশি য়াউদা পুকবা
মীনুংশি য়াউদা শিংলুবা
ব্রায়েলশঙগী চৎনবোল
কনানসু খঙবিদা
অাইন্না চৈশিং হেঙ্গৎলক
লমহেন মীশিং ব্রাত্তবা
লান্দ্রিমখৈ লান্দবা
মচেৎ-মচেৎ মফোন থোক
ব্রায়েল চৈবাক থেংনা ফং
নোম-নোম শগাই তোং
থৌজাল লৈতে থৌঙন্থা।। □

## গুলাববৈ

(১)
থোৎলবী মায়থোঙনা
নোকফেৎ তৌববদা
লংশিল্লকই অঙস্বগী নুংশা স্বব
লৈগী লৈথোং তম্না
নমজহৌই লৈনমতবু পেঞ্জনা ।

নিংথম থাগী মেঙল’অয়ুক্লা
ওল্লকই তমথীববা নোংলৈ
মাঙখি তত্তনা নল্লবা গুলাবলৈগী লৈনমসু।

(২)
যুগসিগী অহিংগী গুলাব
কবিগী শৈবেং মতেক অমদা পঙথজবী
শৈথাবিনে ঐহাকসু
থোৎচববী কয়াৎ পৃস্বা
চৃপ্লিনে কলম্না
তনৌববী মায়থোঙ নঙগী
অদুবু নঙদি
কাবক্লি মায়হিং
মকশিল্লক্লি অসুম-অসুম ।।□

## ননাউগী দাইবী

পুপুগী ব্রায়েত্তি
নুমিৎ খুদিং মতৌজে
পুপুতনা মঙমখি।

ঙসি নুমিদাংব্রাইসিদা
(ঐদি কন্না শান্ননিং)
পুপুগী থব্রায়না থাবমদায়
মুকম-মুকম শোন্নকই-
'হে তাইবংগী মবুংঙো
ঐসু, নঙসু, মাসু
কবিদবু তোঙানবা
নঙনা কবিদা খেন্নবা
ননাইনা কবম্নবু কাউরুবা... ।'

পুপুনা মবৈ তৌজবা
মখোয় ঙম্না ঙসিদি
পুপুগী নাক্তা চঙশিনখি।

খঙদে ঙসিদি কবিগী কপমিন্নবা ঙম্নমক
খঙদে পুপুগা করিগী কপমিন্নখিবা ।। □

## পর্দা

নঙদি নত্তে
থাববা ইন্নফিনুংদা
থাদোক্রে'খূৎপু
নিক-নিক্তুনা শান্নবা
নংত্রগা
কৃ'নুংগী অশিববু
চেৎনা লৈবোল চনশিনবা
নঙদি-
কাথোক্লিবা চীনবান'মগী কোলোয়নি
ইখৌ লাংলবা পাউমীগী
পাউখুম ঙাইবিবা ব্রাহংদা।। □

## ঙমথৈ অমসুং পূং

ঐগী ঘড়ীদা
পূং মঙাগা মিনিট মবী
ঐগী লোয়নবীগী ঘড়ীদনা
পূং মঙাগা মিনিট নিপাল চৎলে ।
অসুম্না ঙাইহক লৈতনা
ইতাওগীদনা পূং অসুক্কা মিনিট অসুক
ঐগীদনা পূং অসুক্কা মিনিট অসি...
মসি লিংজেল মান্নদবগী খুদমনি
ব্রাখল তিন্নদবগী মতৌনি; মা ঐ
তোঙান-তোঙান তানীংবনি
নাইতোম হিংনীংবনি কনানো অমা
খঙলবনা হংজৈ 'মতম'-দা ব্রাহংসিমাঃ
'মতম, পূং কয়া তারবগে ?'
মানা নোক্রদুনা খুম্লকইঃ
'ঐগীদি ঘড়ীসু লৈতনা'।। □

## খবনা যেংলি খবনা নোক্লি

মখোয়গী তম্পাক্তা হীপুনা
গু-গা হায়না ঐনা খুম
নেনে মামা অতিথি ময়াম্না
সনা-থোইবা-চাউবা
কৌবিখিমালে অসুম্না ঐবু।

ঙসিদি শাউবী মখোয় ওম্নমক
নোক্লি ঐগী মী লৈকাইগী মী
ইবল লৈতবগী ইশক-ইতৌগী।

লম্বীদা বাজাবদা হোটেলদা
লৈতে ঐগী মী কনাসু
ওইদে ঐবুসু মখোয়গী।

খবনা তৌখি ইফমদা আশা
ঐনা নোমথি ঐগী পুন্সি ইথৌদাং
(কবিগীনো খওদে ওম্নমক মায়থিখি)
মদুগী মহৈবু উরগা মখোয়
খবনা য়েংলি খবনা নোক্লি ।

ঐ নখোয়গী অদুঙৈগী মণিনি- সনানি
কবিগীনো তমথীনা হোংথ্রিবা ? □

## ইহৌদ্রবা ব্রাবী

শুপ্নগী মীৎকুপ অমখক্লা
পুদুনা চৎস্ত্রগনি ঐবু,
নীংশিংবনা শেম্নবিঙে
কাউখি নৈচিল্লক্তা শান্নবদি
অসুম্না
ঐনা করিবু তৌখিবগে হায়বা
ঐ চপ চানা খঙদে
অদুনা  খঙনীংলকই঳ঐবু শৈবেং ইখিদব্রা
নৎত্রগা
মূক কংলবা কলম পায়দুনা
ইখিগদ্রা অমূক নৌনা
অব্রাবা কয়া শৈথাদুনা
ওস্থেক্লদ্রা অশিনবু অহিংবা
নীংশিংবা খোক্লবা ময়েকপু
ঙমখিগদ্রা শান্নহনবা ? □

## ওপবেসন ঙ্যাও

‘লাই খুকমলিঙৈ
ঙাঙহেদেকো তাইবংগী ব্রা’
পাউতাকই খুৱা চাউবনা
ইন্দোন চাউবীদা।

খুকমলিঙৈ মতমনি
অহৌবা বোমগী খোঞ্জেলদো
চাউবনা খুদক্তা হংলকই-
‘কদায়দনো চাউবী?’
চাউবী তন্না খুম্নকই-
‘অনকপদা ওইবিনি।’

‘কমদৌদগে হৌজিকপু
অঙানবদা ওইববদি মফবা
ফবে চৎলো ফমুংদা
হৌজিকপু কবি তৌকনি
নশু’সিনা মরোল অমা কপলিবা
মাবু হৌদোং কিবদাই
হৌদোং অমুক্তা খোংঙুনে চাউবী।’

‘ঙ্যাও-ঙ্যাও-ঙ্যাও’
খোংলকই কিজনা চাউবীনা
মপান্দসু কনানো চিবোন- চিবোন মতৌবি
‘...অন্দবমে বিল্লি হৈ ম্যাব...’

ষসোন্দা য়াল্লি ষণগী কাঞ্চল
হংই মৈতৈলোন খঙবা সিফাই' মদা
মখোয়গী অচৌবনা টোর্চ লাইত কাপ্পুনা-
'য়ে ক্যা হৈ ?'
পাউখুমজে শেংনা
'ষণগী কাঞ্চল...
গায়কা মহুবদানী হৈ সহাব'
'নহীঁ হোগা, মৈবা-পায়বী শোয়া হোগা'।
'জি নহীঁ সহাব,
দেখ লিজিয়ে, যে বহা'

সাহেবনা উবে
ষণ খবা কুল্লি
(হৌজিক্তি হৌগৎখ্রে)
'কমাল হৈ' গাযকো ইতনা সেরা'

শঙ্গাইনুংদা তপ্পা খোংলি-
'ঙ্যাও-ঙ্যাও-ঙ্যাও'
'খোঙ হাংউ'
মপানগী খোঞ্জেলনি
'ঙ্যাও-ঙ্যাও-ঙ্যাও'
মনুংগী খোঞ্জেলনি
'অন্দবমে বিল্লি হৈ
ঔব কোই নহীঁ হৈ
চলো ফিব চলে।'

'নোং ঙাল্লে যেংউ চাউবী
কনা কনানো য়াম্না লাউনখি'
'হোইনে মোই পাবুং
অহিংদৈ হৌবক্লবনি
ঐখোয়গীদি কনাসু খোকলুদ্রে...
হি' কৈনিনা, মৈবা পাযবীখৈ

লাক্রি ঐখোয়দা...

‘হাই চাউবী ইনে চাউবী
ইপলসু থোবকউ লোয়না থোবকউ
খুন পূম্বা থুগায়বম্রে
নখোয়গীদনি খাক্লম্বা
কবি মবীনো নখোয়গা
সিফাইগা কন্না লৈনরিবা
হৌজিকমক শেংদোকউ, খববদা হাপউ।’

চাউবা কপ্পী চাউবীসু কপচৈ
নহা অমা লাকই
ব্রাবিঙে চৈবক্তা চিঠি অমা পীবৈ
সিফাইগা মবী লৈনৈ হায়বৈ
লেটব হেড অমা পীবৈ।। □

## কুইবদি নত্তে

থৌজাল অমসুং হিংসা...
(ঐ চপ চানা খঙই ঐ কনানো হায়বা)
অহিং চুপ্পা ঐ য়াম্না খনখি
অদুবু কুইবদি নত্তে।

নীংশিংলকই শিগ্রবা যাবু
(ঐতনা খঙই কনানা হাংখিবনো হায়বা)
উরকই মাগী শক্তম
অদুবু কুইবদি নত্তে ।। □

## চে ওল্লবা হকচাং

অমম্বনা কুপশিল্লক্রি মালেম
খাক লাউরি লেপ্পা লৈতনা
অতিয়া শিন্না।

নিংথিজনা য়েকথোক্লবা শক্তম কয়াবু
য়োৎকী উপু মনুংদা
লোৎলি নোং চোৎতনবা নিংঙাইদনা।

মপাং কায়নববা চেক্লা কয়ানা
নোংজুগী খোঞ্জেল্লক্তা খোংলিঃকদায়নে নঙবু।

অদুবু
খুৎহৈবা লাইয়েকপসিনা
অমুকসু খুমজিনবিবি
অযেকপা শক্তমশিংদি
অমুবা ইন্নফি কয়া
নোক্ল-নোক্লা।। ☐

য়াওল ঈশৈ

মচুগী শজিবু'রত্তা
ঐগী শন্নাংদি মীৎকুপ'মত্তা
লৈনাওম থোংলদ্রে ইতা
থৌনা ফবা লান্মীদো ঙসিদি
নিংথিবা থম্মোয়'মত্তা পাল্লমদ্রে
থঙদে কবি য়াওলনো ইতা ।। □

## ব্রাংম-ব্রাংমগী ব্রাবী - ১

পৃক ফত্তবা চহী মরূপকা লেঙ্গোনবদুনা
তৃমলুব' ইমীৎনা নোইখৈ নোইকবগা
নংহৌববোই মতাগুম ঙসিদি ঐনা
সনা-কৈথেল মায়কৈ তম্না চৎলি
মমশিল্লক্লবা মতমনি,
ইখৃৎনা
থাউমৈ অমত্তংদি পায়নিংলি
মৈবাদুদি তামহৌবি ।। ☐

## ৱাংম-ৱাংমগী ৱারী - ২

তিন্নবা ঙমদে অবোয়বা মীৎকুপ্তু নত্তনা
নঙদি য়াম্না তমথী য়াম্নসু শাথী।
খঙই ঐ
শুপ্নগী মীৎকুপ অমখক্তা
পুদুনা চৎখিনি ঐবু পূম্নমক থাদোক্তুনা
তিন্ননবা নঙগা অমত্তা ওইনা।

নীংশিংবনা শেন্নবিঙে ঐনা
শান্নজখি নঙবু ওন্ন-ওন্না
য়েংখি কনানা লাপ্না, নোক্না নৎত্রগা শাউনা
নঙবু পুদুনা চেল্লিমতিক কন্না
কনাসু নোকখিদে মুন্নখিদে নঙবু।

পুক্নিংনা খোয়দাজবদি
তাবমদাই নুমিৎপু নত্তে
ঐনা নঙগা শান্নজবগীসু নচ্চদে,
শুপ্নগী ঐবু কনানসু খিবক্রবোই হায়বগীদমক
ঙম্না য়েংলগে
লৈচিল্লক্তা, হকচাং চনবা চেবাংথক্তা
ওন্না খোইনা শান্নজবা নঙগা
হে অচুম্বা ।।□

## তাইবং মপু

(১)

নঙনা ঐবু নবক্তা চিংথরিব্রা
মীওই কয়াবু থাজহল্লগা ঐনা
মায়পাকপগী মপু শারুবা
ঐগী মায়থীবগী থৌবিনা শুক্তা
তপ্ন-তপ্না চিংলিব্রা ?

(২)

পাপ্তি অমত্তসু হাঁশিল্লহৌদে ননাইদি
অসুক য়াম্ননমগনি হায়বদি
কবম্না থাজসিগে।
চেংদা নূং-লৈঙোই য়ানববু
পাপ অদুমক ওইবদ্রনে ?
ফৌগি মমল হাইগৎপবু
মীয়াম্না খজিক্তনি চৈরম্বা
লৌবদি অদুমক মরৌথি
পাপ অমা দণ্ডি অমা
মৈনুং অসিদা ঐবু
মৈনুং অসিদা ঐবু ... ।। □

## চক্নগী মী অমসুং ঐ

চক্নগী শাবা মী নঙনা
মুল্লবা ফৌরক্তা লেপ্তুনা
কবিগী মীনম্রি উচেকশিংবু
ওইথোক্লবোইদবা নখুৎতু তিংথোক্তুনা।

নঙগী নতৌওম ঐসু
ওইথোক্লবোইদবা হকচাংনা
তৌবিনে নমথাক থব্রায় মঙোন্দা ।। □

## কাইদোংফম লৈত্রবা চেক্লা অমা

গুল মোহোব পাম্বীদা তোংলদুনা
অপীকপা চেক্লা অমনা
ঈশিংনা থল্লবা গুহানুংদা উকবে
অতিযাগী তক-তকবা মমি
অদুদগী চেক্লদো হাংল' অতিয়াদা পাইখৎখি।

হৌজিক্তি চাক্তাবগে নীংলমাগ্নে
তোংলবে যুমগী তাইবেন পাম্বী অমদা,
অদুবু অব্রাবগী মশক্তি
চেক্লা চীন্দম্বা ঙমখিদ্রে।
উবক্রে,
সূমাংদা থোক্কুনা তেংথাবিবা মীওইবগী মতৌবু
পুথোক্লদুনা মচানা তোংলম্বা খোঙউপ,
থম্লদুনা মতম্বাক্তা ফুবিৎ খোংগ্রাউ
মচানা লিৎলম্বা মচানা শেৎলম্বা
য়েংলদুনা মীওইবনা
ওঃ খোংনা কপ্লক্রে
কবি মবালনো হংলক্রে।

হৌজিক্তি চেক্লাদো
উহৈ চাবগে নীংলমাগ্নে
অশৃকপা উমংদা পাইখ্রে লাপ্পা
অদুবু অকিবগী মশক্তি চেক্লাদি
উকবে মথং-মথং শিদোক্লদুনা
শেংদোক্তি নোংমৈশিং মীওইবনা।
নোংমৈ মকশিংদো লৌথোক্কুনা
যেংলি মীওইবনা লূকথনা।
চেক্লাদো খুদক্তা পাইথোকখি।।□

# চিঠি অমা

সহ্র
নঙনা শিন্মী কয়াবু
মচু নাইদবা চেক্তম খন
ইদুনা শাম্নবিবি
খাববা মখূৎশিংদূদা ।
কাথেক্র’ মখূৎ কয়াগী
মবোল থোকপা চিঠিবু
নঙনা লংথোকপিখি
ব্রাংলবা দলালথক্তে ।। □

## কুবাক অমসুং ঐ

মচু-মচুগী নিংথিরবা কুরাক্লা
মতমগী মেঙলবা শাথেক্লা লোয়ননা
পাইবক্নি কোকথক্তা ।
চোকথববা হকচাংনা
উইকন্নবা মীৎস্না অনীগী নিঙাইদা
নাউত্তম ঈশৈ শক্লকলি তান্থা অমদা ।
খঙহৌদে, কোকশিল্লকই মকম কুবাকশিংদুগী
হৌজিক্তি ইকোকসে
লুমথবক্রে কুবাক মকম্না
অদুনা ওল্লক্নি ইকোক অমসুং ইমায়দি
চহী লোয়ববা ক্যালেণ্ডাব অমা
পাইশিল্লক্নি মীশক খঙদবা তমথীববা নোংলৈ
ইনাক তম্না
অদুবু ঐ হিংবদা চোকথবা অমা নত্তে ।
তপ্ন-তপ্না য়াতাবক্নি ঐ অমসুং কুবাক্কী
মকমশিং পোত্থাজনবা।

ঐনা পোত্থাববা তুংসিদা
যেন্নবক্নি কুবাক মকমশিংদি
ঐগী চাউববা ইমুংসিনা ।। □

## অৱাবা অনী

(১)
ঙসি নীংতম্বনা
কনা য়াউদনা
মথন্তা লেপ্লখি ঐগী নাক্তা।

ঐনা চাউবপ হায়খিঃ
'নঙনা কৈদৌনি
কনা লৈত্রবা তাইবংদা।'
অদুদগী নীংতম্বনা
পিবাং লেপ্তুনা শিন্থবদুনা
মখূৎ অনী চেৎনা পায়শিল্লদুনা
তপ্না হায়বকখিঃ
'নঙনা ঐবু তত্তনা কৌখিবদাই।'

(২)
আশা চাউনা তৌজকই
ঐগী লেমহৌবিবা পূস্নিবু
হিংনীংলুই মপোকসে নীংতম্না।
ঐনা হায়-
'নীংতম্বা,
ঐবু হিংহল্লু নীংতম্না।'
মতমসিদা মানা তপ্না হংলকখিঃ
'নঙদি উতাংবী নৎত্রনে ?'□

## পাউতাক

১

নুংশিবদসু নঙদি হেক্তা ইন্নবকই
লাইনীংবদসু নঙ হেক্তা য়াওরকই।

নঙবু চীনবানসিনা চু পলুবদি
লেঞ্জখি নঙনা ইনাক্তা
অহিং চুপ্পা নোকচবদুনা।

নঙবু পুক্লিংনা লাপথোকলুবদি
মোমোন অদুমক নোক্লা
চৎখি নঙনা ইনাক্তগী লাপ্পা।

২

পুপুগীদি অচানবী ইতা
ঐগা তত্তনা শান্নজবী
ঐগীদা তত্তনা লাক্রম্বী
পুপুনা লোৎখ্রুবা 'তুংসিদা
অতিথি ওম্লকই নঙদি
মান্নি, অখাং-কন্দবী অতিথিনি নঙদি
ঐনা লুনা তৌবিখৈ, লৈখি লেঙদনা ইনাক্তা নঙনা
মীৎকুপ অমতং কদাযদনো য়েংলুবদা
চৎখি নঙদি য়াম্না লাপ্পা ।।□

## তন্দল

থামম্বা অহিংদা পাইজবী
কুফেৎ-কাফেৎ ঙাপ্নিবী
অয়ূক নুংথিলদা শক্লোৎপী
তন্দল কৌবী অঙকপী
নঙবু খঙগে থৌবাংবা
অহেনবা ঐগী থৌদাংলা ?

নঙনা অমুক মুৎপদি
তাইবং কৌবা মপোক্তা
অব্রাববু লোৎপগুম
নঙসু ঙাইহক লোৎপবা
নঙনা অমুক ঙাল্লকপা
নুংঙাই-য়াইফবে তাকপবা ?

তাইবং পুন্সি ফম্বাক্তা
নুংঙাই-যাইফ তানশিন্না
ঙানগে খনবা পুক্নিংবু
অব্রা-অনা য়োমশিল্লক
ব্রাখল মাদি মমশিল্লক
নঙনা কবম্রা উবগে ?

অমম-অঙানগী পুন্সিদা
শিবা নাইবা মপোক্তা
ফত্ত-থৌবু লোৎপবু
নঙগুম ঙাইহক মম্ববা ?
নুংশি থৌজাল শাফোংলক
নঙগুম মঙাল ফাউববা ? ▯

# কিবক্লবা খোঙচৎ

মজা ইবেম্মা,
ঐদি'সুম কিবক্রে নঙসে
নশক হায়বে খমথেংলে
নগুণ হায়বে থাঙমদ্রে।
হাযয়ুনে নঙবু'মুক্তা
নঙবু পোকপা অপোকপা
ব্রায়েল চুম্বা অঙম্বা
অদুগী নিংথিবী মমোমলাঃ
ফিজোল অমত্তা পক্তবী
ওইদ-মায়খুম পামদবী ?
চিংনা-পবৈ কোকহল্লো
হাংদোকউ'মুক্তা মাযখুমসে
খোকলো মাঙদা ফিজোলদো
চৎলোনে ইমাঙসিদা
উমংদা, লমজাওদা, ব্রায়েলশঙদা।

ওঃ নঙদি তূমথখ্রেনা
নমীৎ-নমায় ঙম্না কুপ
অশি-পাংখক ওইনবু
তূমখুনবুদি তাল্লবোই॥

নঙদি য়াউদা নহাকথক
উমংসিবু শম্না চৎ
ঐদি অসুম কিবক্রে॥ □

## শৈবেং ইবা তম্বা

'ফক্লাংদগী ফাওজিল্লকপা
থাবলগী মঙালনা
ঐগী নুপীগী...।'

ঐনা পাকই অসুম্না ঐগী শৈবেং
ঐগী লোইনবীগী মাঙদা।

'কৈনোদা মোই বাবা
ঐগা পকশল্লক্কনুদা।'

মানা শাউই য়াম্না
মাগী ঙমজবী খুৎশাউদা-
'তোম্বাগী নুপীবা ঐবু
মপুবোইবা লৈবিঙে নুংথিলদা
হেলোয়না হেক্তা মপুবী
হেলোযগী ফমুং হেলোযগী ফক...।'

'ঙাইখো তোম্বী, লেপখো ঙাঙবা
যৌনা ইদ্রবদি
নৌবি হাযনখিনি ঐগী শৈবেং
তাখোনে পাবক্কে ঃ
পোকপদা ঙাযবিবা অঙাংনা
ঙাইহক কপ্লবা তুংদা
সিফাইগী কোলোযদং পনবদা
মোমোন নোক্ককই, নোকফেৎ তৌবকই...।'

'কৈনোদা হাযহৈদেদা মোই বাবা'
'তাখো কৈদৌগে -
চান্নবা ঙমদে তাৎকী নুংশিবা
কুইদে মীৎকী পিবাং মখোযগী
ঙুং-ঙুং ঙংনবকই
শব্দ চীক্লবিবা হূই অনী।'
'মাইদা ঐদি' ॥ □

## মেলা অমা পুন্সি অমা

কবিগী কপ্লি হায়য়্
হীক্র-হীক্রা
মেলা মফমসিদা অদুম্না
শান্নবিবসিনি নমাঙমক্তদা
মীবু মঙক কক্কুনা
শেগায়নবদুনা চাথোক্লবিবসিনি।
হায়কব্বনু অমুক তোক্রো হায়না
লাউনবক্কনি ময়াম অমনা।
লেপথৎলোনে
লংথোকপ্রো নঙগী থম্মোযসু
পুন্সিদি মেলানি
কপ্পনু অমুক শেগায়বো মখোযগুম
হিংজনবা নঙসু
মেলা তৌবিবা মীগুম্না
ইপাগী সনা মতুম ।। □

## খেন্নবা অমসুং মান্নবা

হূইনা শক চীকপা উবগা
মদুতবু পামজবা হূই অমনা
মুন্না যেংজবগা হায়বকই-
'কয়াদা মবায়বক ফববনো।'

মীনা কপ্পা উবগা
হাইফেত্তং যেংশিল্লুবা কনানা
থম্মোয়নুংদা হায়-
'কযাদা মশক থীববনো।'□

## শা হাৎপা লেপ্পু

পৃক থনজদবা মাগী
থৌববা থাঙনা
তমথীনা হাৎলি
লোম্লেক্তবা মাবু।
ঈ তৈব' খুৎনা লোম্নলা
শোল্লকই-
'হে থৌজাল হৈবা
নঙদি তাইবংগী মপুনি।'
মতমসিদা তুমিন্না লৈজবগা
লৈমায়থক্কী ঈখেংনা
নোক্লি খাক্ল-খাক্লা।।□

## হাযদোক্তবা ব্রা

হূইশিংদু তাইবংলোল খঙলমদে
হুবানবা অমসুং হুবান্দবসু খঙলমদে
মনীং-তম্না খোংই পোৎয়োম পুবশিংদুদা
চোংশিন-চোংশিন লাকই যাত্রীকশিংদুদা
অদুবু হূইনা চীক্লিবা খুদিং হুবানবা নত্তে
কনানসু হাযদোক্তে কনাদসু তাকথোক্তে ।। ☐

## অহিংগী জগোই

ফি থোংদবা থাজগী
ইবাং পুবা মখূৎনা
মুক্তোকপিবি
অহিংগী ফিজোল
তপ্ন-তপ্না।
থাবলদা ভাওজবী অহিংনা মোমোন নোক্না
শাবকই জগোই লৈন-লৈনা
উৎচবদুনা থোৎলবা কয়াৎশিংদু
মনীং-তম্না ॥ ❑

## খঙলবা ব্রা

কাপ ওল্লিবা পুন্সিগী ময়ুংদা
অবাকপা ঙাইববা কাকফেগুম
চপ য়ুংলবা মতৌদা পুন্সিনা
ঈ চুপকদবগী ঙাইবি হায়বা
ঙসিদা খঙলি ।
থৱানমিচাক্লা মাগী তুন্নবা মচীন্না
য়ুংনা লামখৎলক্লিবা ঐগী ইতৌদা
থিল্লক্কদবগী লাক্লরি হায়বা
ঙসিদা খঙলি ।। □

লমচং

লাইনীংবসু লাইশঙ শাবকই
কাংশিনা ঐবু কৌবকই
ঙমলুদে চংপা লেপ্তুনা।

নুংশিবসু পাডা নাইবকই
অখঙবনা ঐবু তাক্লকই
ঙমলুদে খঙবা লেপতনা ॥ ☐

## নমথাক্কী মযেক

ঙাইহক্তংদি নুংঙাইজৈ
থাগৎপিববদা ঐবু
অদুবু কুপশিল্লকই তপথদনা
নমথাক্কী ফৈজুপ্পা লোন্না
অদুবু
উবকই কিশিঙুম ঐনা
লোৎলিবা ময়েকপু লংনা
চাংদম্লবিবা ঐবু ওক্তবীঙুম ॥ □

## মানবা

মীৎ তাংবা চাক্লিবা অমবু ফাগি ওইনা
নিংথৌ ওইহল্লি অচুম্বগী মান্না
উদে মাগী মীৎ খঙদে পোৎকী মচু
অদুনা
লাউরকই ওন্না লৈবাক্কী অমসুং ঈগী মচু
অদুবু মীয়ামদি হরাওজদুনা
খুবকই খূবাক প্রোক-প্রোক লাউনা ।। ☐

## কলিগী লিলা

ফজরবা খোঙউপ
ঙকতা পুন্নিবা টাই
উববদা নিঙোল কাগী খোঙনা
হাংদোকচৈ পন্থদনা
গে লাউনা মথন্তা
অদুদগী উইশিনখি মাগী মীৎন্না
পেল্লবদা কলিগী লিলা
শান্নবিবা অশেংবা নুংশিবগী ফম্বাকথক্তা ॥ ☐

## লাইববগী মশক

শৈবেংদদি নঙসে
কযাদি ফজত্রে
হে লাইববা '
অদুবু
চাকথুমসিদদি
ওস্থোক্না থীত্রে নঙগী নশক।
উববদা নঙগী
চমোৎনববা ফিজোলবু
লোনশিনখি য়োৎকী থোঙনা
গম লাউনা মথন্তা ।। □

## নোংজাবি

হে চান্নথোইববী নিংথিবী
লাৎচবিবা নহাক্তি থব্রায়গী মবেম্মা
ইথূৎসিনা শাক্তি ওই
নঙবু লৌজববনি ঐগী ওইনা
কদায ব্রাশকপিয়ু ইমাঙমক্তদা
কনানসু শোকহল্লোই হাযনা নঙবু।

নত্তে নত্তে চান্নবী
লোৎখিনু নিংথিবী লোৎখিনু
ও ! মসিবা নঙগী পূকচেল ।

ফবে চৎলো শক্রোৎপী
ব্রাবৌদে ঐদি খঙলে পূন্নমক
লাক্লম্বনি নঙনা ইতৌ য়েংগে খন্দুনা
ঐগী থম্মোয় খঙবনা
উদ্রগা হেল্লকপা মীনুংশি
লোৎখ্রগা তাবকপা মব্রাহৈ
মীওইপোক্কী তাইবংগী
লিচৎ ইতৌ খঙবনা
নঙনা ঙসি লোৎপনি ।। ☐

# ইমা

(১)

লীক্লীনি নঙদি
নত্তে অকায়বা মচেৎসু
থাজনি নঙদি
নত্তে মঙাল থোক্তবী
লংজববনি নফমদা
নত্তে অচম্বা পিরাংদি
ইতিক চাববনি লৎনবদি
চিংনদে মদুগীদমক নচাদি
নচানা ব্রাজবদি
চোৎখিগদবদুনি নচাগী পিনা
ইমাগী ফিজি ঃ

কপখি য়াম্না কপখি ইমা
নচানা থুংলবা মীৎকুপ্তো ননাক্তা
খঙলক্রে কপচখিবগী মবম
হেন্ন-হেন্না নচানা যেংলি মতিক ইমাবু।

(২)

উংলনু নচাবু মালেমগুম
চোইনা কেলহল্লনু নুংশি ঈবিক
লোন্না নীকপীবনু শমু হকচাং।
লেপচগে পামেল উপালগুম
লৈজগে লেঙদনা নতম্বাক্তা
থিজগে শিবগী অধিকাব।
নৈহৎপিবনু থোৎল'থম্মোয়বু
লোৎচগে ফিজ্জিগী মরুমদা
কৌজগে ইমাগী কোলোয়তবু
কদায়দনো লোৎলিবা কোকিলগুম।। □

## মচুগী মখাদা

ঐদি
থাক খেন্নবসু মান্দে
লৈফম ওন্নবসু উদে
অহিংবা নঙগা ।
খেন্নবা হায়ববু
ঐনা ঙান্না উই অহিংগী অমম্ববু
নঙনা মম্না উই অযুক্কী কোবৌবু।

নঙনা কপ্পগী খোঞ্জেলদুদা
নঙনা শিম্থবিবা পিবাংদুদা
ইজবি ঐনা শৈবেং অমা।

ঐগী ইতৌগুম
ইবা ঙমদে নঙদি
অদুনা চৈবকই নঙনা
ঐগী শৈবেংবু
পাবা থোক্তে হায়দুনা।। □

## মান্নবা পাউখুম

চীংগী নিঙোল ইচে মানবিদো
শকখঙনকবনা
ঙসিদি ঐগী মাঙদা
নৌনা কায়নখ্রবা মপুবোইবগী
ব্রাবীবু তমজবগা
অমুকসু হায়বকই-
'কুম্কে মতমদি ওইবেদো
অদুবু
উববোই ইচাশিংনা মাবুদি।'

মাগুম্না ঐসু
চপ মান্নবা পাউখুমদু ঙসিদি
নীংশিংহল্লে নৌনা
থম্মোয় অনীনা অসুম্না
অসুক মান্নবা পাউখুম্বু
হংলি মাগী মাঙদা ইদোম
কবিদবু খেন্নবগে নঙ-ঐ ? □

## লাইশোন

হে তাইবংগী মবুংঙো
শোল্ল’পাম্নোম্না ননাইগী
ঙাকচগে য়েক্লবা চামদি
অদুবুনে ইবুংঙো
ঙাকপিয়ুকো ননাইবু
ঐগী মন্ধপ মপাংশিংদৈ
কনবিয়ুকো নঙনা ॥ ☐

## পাংখক অমসুং পুন্সি

অমতগুন্মী মায়থোঙদি
খেন্নদগুন্মী মশক্তি
চান্নবগুন্মী ব্রাখলদি
শাউনদগুন্মী ব্রাঙাঙদি
লৈবগুন্মী শান্তিসু
লোৎপ্রগুন্মী হিংসাদি
খঙলগুন্মী মবালসু
খঙদ্রগুন্মী অচুম্বসু ।। □

## ইনিংথৌ

পাউহংদনা অয়ো নাহেবা
পাউতাক্তনা আম্বা মচংগা
উং ওনথ্রগদবা
লৈশৌনা চাথ্রগদবা জীব
ঙসিদি নঙগী থম্মোয়নুংদা
চেন-চোংদুনা শান্নবি
তন্নববা লোক-তিন্না
অদুগা
অমুকসু তাং তৌদুনা
নিবকই ঈগী ভিক্ষ্যা
নতিন অমুকসু য়োংশিন্দুনা ।। □

## লাইবক অমসুং পুন্সি

পৈবপ তৌনা হকচাংনা
নঙবু যেংনা
ইখৃৎ নামনা লাপ্পা তিংথোক্তুনা
অদুগা খৃবাক মযাযদা লেপহন্দুনা নঙবু
শাহল্লি জগোই লৈন-লৈনা
অদুদগী
কাউখি ঐনা ঐগী তিংথোক্লুবা খৃৎপু ।

কাজ্বলথক্তা নঙগী শক্তমগা
অহোবা মঙাল মচাদুগা
মপা চুম্নবা শেমলুই, মীৎ নামা উইশিন্দুনা
অদুবু কুইদে মীৎ নামাখক উইশিনবদি ।

তৃম্মু যাদ্রিঙৈ মীৎকুপসিদা
কবিগুম্বা খবদি তৌনিংবা
কবিগুম্বা খবা ইজবা
মসিবা পুন্সি মসিখক্লা
তৃমথখ্রগা লোযববা ।

তিংথোক্লুবা খৃৎকী, শাহল্লুবা জগোইগী
দণ্ডি নৎত্রগা মনাবা
অৱা-নুংঙাই মংল্যানদি
হুন্দোক্লুবা ঙমদ্রবা ।। ☐

## ঐগী শৈবেংগী ফিভম

ঐগী কলম্না ঈবোন্নুংদা লুপখ্রবদা
ঈবোইবকই মযেকসু ফন-ফন চোংথবদুনা
ঐগী খূৎনা নোংমদোন্দা থেংলুবদা
কেল্লকখি শৈবেংনা চোইজাযননা ইনাক্তা
পুন্সিনা থম্মোয়সি যৈখায়বিববদনি
হাযবা ইনখিবা ঐগী শৈবেংনা ॥□

## অঙাওবা অমসুং ঙাওদবা

হূই অঙাওবদু
মীযাম অমনা
 হাত্তোকই তান্নদুনা।

মী অঙাওবদু চৎলি
যাল্লদুনা ফুবিৎ মনুংদা
লীক্লী নৎত্রগা নোংমৈ
 ময়াম তুমিন্না লৈ।। ❑

## পুন্সিনা পামজবা পুন্সি

যেংউ মাঙদা লেপ্লিবা নুজাসেঃ
অপাম্বনা যোন্নবা হকচাং
ময়ায কাব'খূৎ
নীং-তন্নবা খোঙ...
অস ' ওম্থোক্লা থাজখিদ্রেদা
ঐ, নঙ অমসুং মহাক
অদুদি হংলক্কনু ঐঙোন্দা
কদায চৎখ্রে ঈথক্তো নুংঙাইবগী
হংলক্কনু কদাযনে ফৌণ্ড ঈশৈ
কদাযনে পুন্সি খোঙচৎ
পুন্সি রাবী ঃ শুপ্নতগী হিংবা ।
অদুদি,
মথৌ হাপ্পু
ময়ায কাহল্লু, শেৎ-শেত্তুনা চাও
পূক থঞ্জনবা
চঙশিল্লু মাঙদা
উবব্রা চেন্থবক্লিবা ঈখেং
হংলক্কনু অমুক কবি তুবেলনো
থকউ পেন্না
নৎত্রগা -
তাউথখ্রসি নঙ ঐ
থিকবসি পুসিনা পামজবা পুন্সি ।। □

## লোম্বোক্তবা থম্মোযগী মীনোক

খাঙওমদনা ব্রাববদা
ইনীং-তম্না কপথোক্লুই
খোঞ্জেলদি লূম্না
অবোইবা মীৎকুপ্তা।

থম্মোয় খৈনা পেল্লবদা
পুক্লিং পেন্না নোকথোকলুই
খোঞ্জেলদি লোত্তনা
নুংঙাইর' মীনোক্তো।

ঙসিদি ঐ কপ্লুদ্রে
লাঞ্জদবশিংগী পোম্বদা
পিখম্নরিবশিংবু উকবগা
ঐনা নোকপদমক নোক্লি
খোঞ্জেলদি খোত্তা
অবোইবা মীৎকুপ্তা।। □

# শান্তি পুবা লৈচিল

থামন্না অহিংদা
কিজবদুনা ঐগী
থৌনা যাউদ্রবা শৈবেংশিংনা
খাঙজৈ মমীৎ উইশিঞ্জবদুনা
খাঙঙমদনা।
অদুনা
কথোক্লে ঐনা
ইশক্কক থুংজবা থাবলদো
নীংঙমজদ্রবা মখোয়দা
তিঞ্জনবা ঐগী শৈবেংনা
থাবলগী ঈপাক্তা
উজনবা মালেমসে
শান্তি পুবা লৈচিল ওইনা।। ☐

# মঙ অমা পুন্সি অমা

মঙ ! ঙসিগী মঙ

ঐবু অসুম নীংশিংলদবা
অদুঙৈ
কলমগী থৌনাদো ঐগী
খৃৎকী উকক লৈবা সহি
অমগী মমলবু ইস ' অদুক য়াম্বা।

'রিজেক্তেড' থাখি ঐনা
য়াম্না তোইনা শেম্নুংগী, অদুগী অদাগী.
অহলদো ফমদখি
নাম্লবা ঐগী কাগী কাবপেট'থক্তা
ঐগী মমল য়াম্ন' কলমগী মখুম্নু
দক লাউনা ঐনা শম্ভোক্নুনা
অহলদুবু তাহনখি ঐগী ব্রাহে
'য়াদ্রে হায়বদি য়াদ্রে অহল...'
অদুগা ঐনা ইখিঃরিজেক্তেড।
মদুদা মানা কবি নিংখি
মদুদা মানা কবি হায়খি
মদুদা মানা কবি তৌখি ..
পিওন চাউবনা থাংদোকখি।

অদুদগী ঐগী পেন্সন ওডব
মাম্নি ঐ য়ুমদা লাকখি
লৈবা য়োনবগী দলিল ইখি

কুবকী এদভাইজব হাপ্লিখি ময়াম্না
ইখি কায়না-তোয়নবগী ব্রাবোয়-চে
শুপ্নগী পৈসা খরা মমল ওইনা
নুমিৎ চুপ্পা ব্রা ঙাঙলুবগী, ইরুবগী।
ময়ামগী শেন চারুই ঐ
তোম্বা হায়বা অঙাংদুনা ঐবু
মান্নি ফুখি ঐবু, ফুখি
অদুগা অমুকসু
ঙসিগী মঙলানসিদা ঐবু
অমনবা কলম অমা পায়হল্লদুনা
ইহনখি মানা শিবগী ব্রাবোয় চে ।।□

## মপোক নুমিৎ

পুন্সি খোঙচৎনি নঙগী
ব্রায়েল শঙ মায়কৈ তম্না
চিন্নবা শঙ্গায়দো তাইবংগী
চঙউ য়াম্না চেকশিন্না।

পুন্সি খোঙচৎনি নঙগী
নুংশি-পন্থুং থিবিবা
ইননবা ব্রাবী অমা কায়নবগী
ইয়ু য়াম্না নিংথিনা।

পুন্সি খোঙচৎনি নঙগী
হিংবগী পোৎচং লাঙলিবা
মংফম তান্না পুননবা
পায়কনুকো অতেকপা চৈশু।

পুন্সি খোঙচৎনি নঙগী
মৈরিলক্তগী শাফোংলকপা
নুংঙাইব'ঈপাক্তা তাউবিবা
লাম্লু হৈনা নহাক্না।

থিকনু পুন্সি থৌদাংদি
ঈপাক কয়া কুমদুনা
চীংলোন কয়া লান্দুনা
লৈবনি লাপ্তুনা ননাক্তা
ইপাগী সনা মতুম।। □

## মংফম অমসুং নূং

মংফম
নঙখক শাউদে
নঙখক নোক্তে
নঙদি সেবাবিনি ঐগী
নঙগী অতিথি ওইনা।

মতম পূম্বদা
নঙনা খল্লি ঐগী হকচাংবু
নূং মচা অমগুম্না।

নঙনা হংদে
অদুনা খঙদে নঙদি
কনানা লংশিনখি নূংদু
ময়া খিগৎলিবা হূইশিংদুদা।
নঙনা হংদে
অদুনা খঙজদে নঙনাঃ
‘হূইনা মীদা লাক্তে, নূংদা লাকই ।।’ □

# অবিবা অমসুং অনৌবা

অৱাবনা হায় ঃ
অরিবা অমসুং অনৌবা
ঐগী মিংনি অনীমক
অমনা জগোই শাবী ওই
অমনা শীং চনবীনি।

খুৎ থিল্লদুনা থম্মোয়নুংদা মখোয়গী
কললা হংই ঃ নখোয়দি কদায়দা লৈ ?
শীং চনবীনা মোমোন নোক্লকই
জাগোই শাবীনা কপ্নি হিক্ল-হিক্লা।
মতৌদুদা কবিনা নোক্লি
তত্তনা হোংলিবা মখোয়গী পূকচেলবু উবগা ।। □

# ইস্ট্যাব্লিসমেন্ত

অশুক য়াম্না শেমগৎলবা তুং
অশুক য়াম্না য়েখায়ববা তুং
মালেমবু মপূম ওইনা কুপশিল্লক্লিবা
ইস্ট্যাব্লিসমেন্ত, ইস্ট্যাব্লিসমেন্ত নঙনা
য়েখায়বগী মখোলতনা
ইবি ঐ অমসুং ঐগী পুরাবি
অদূদগী
ঐগী খোঙ-খূৎ
ঐগী পুন্সিবু
চিংশিনখি নঙনা মথানুংদা ।। □

## মৃকফৃগী লাল

ঈনা ঈবু চামথোক্কুনা
শান্নকববা নহা অমা
অনৌবা মচু উবক্কুবদা
পাখৎচরদুনা লুপথবকই
চাউববা মৃকফ্'নুংদা
অদুবু
থেঙ্গায়নবকই মৃকফুগা - মৃকফুগা
তত্তুনা হাববা খৃৎশেমগী জ্বাবদা ।। ☐

## পাবা পাবা তম্বা

লম্বোইবনা হায় ঃ নচাগী শেঙ্গাওদি নত্তে নঙ
সাইন্সনা হায ঃ শাগৎলগা য়োৎনা মরিল চৎলি
থোংনা হেন্না শাংদোকই শাববদি
অশিবনা হায় ঃ শেঙ্গাও অমতা পানবিনু, পানবিনু
টেবলনা হংই ঃ নঙনা ইবিবদুবু শোয়দ্রবরা সাব ?
লাইববনা মুকম-মুকম শোল্লিঃঅমুক্তা লাঞ্জগে
অশাংবা থোংদো, ঈপাক্তে হেন্না শাংবদো ।। ☐

## কচ্চবা

হেকচবদুনা লৈবাংতবু ইনীং-তম্না
লেংজবদুনা লৈবাং পবেং ইথূৎ পেন্না
হুকচবি নঙগী ঙকশমদুদা
কচ্চরি ঈ তৈববা হকচাং'দুদা
নীং-তমজদ্রিবা থব্রায়'সিনা
নীং-তমজখ্রবা হকচাং'দুদা।
ফমুংথক্তা হীপ্তুনা থেঙল'অহিংসিদা
তৃম্মু য়াদ্র'ইমীৎসিনা ঊইশিঞ্জবদুনা
মঙলি মঙলান অমা
নঙতবু উনজগে হোৎনবদুনা
অদুবু নঙদি নোক্রি হিংচাবশিংদুবু য়েংলদুনা
লেঙউ য়াদ্রবা নচীনবান্দু কাথোক্লুনা॥ □

*শ্রী অরাম্বম সমরেন্দ্রদা প্রাদ্ধাঞ্জলি: জুনগী তা ১৮, ই ২০০০, অথবা মণিপুরি পাউচেশি দা ফোঙদ্রবা।

# কোবৌ

হায়খিনেঃ
নঙখক তাদে
অদুবু
কবিগুম্বদা নঙনা তঙাঙনা
কবিগুম্বদনা ব্রাউথাংননা
লোৎখি নঙদি।

নীংশিংলিঃ সন্ধ্যাগী মখুয়াদা তুখজবদুনা
পূকচেল শেংবা নতৌবু উচ্চবদুনা নঙনা
পাউদমজবা
মালেম থুংনা কোয়কবগী মপাউ।

তমথীববা নোংলৈনা
অখাক-অবাউগা লোয়ননা
থিনবক্লি নঙতবু অমম্বা মবকসিদা।

খূৎতা কলম পায়বদুনা
ইবদি ঙমজদ্রবা অমম্বলক্তা
নঙখক লাক্কে
হে কোবৌ
নঙদি খক লাক্কে।। □

# মতমগী ব্রা

নোংমৈ নঙদি মতমগী ব্রানি
অদুনা ঐসু ঙাক্লি নঙগী ব্রাহে
ঐগবু লোয়নরবদি নঙ
নংত্রগা
নঙগবু লোয়নববদি ঐ
তুমিন্না লৈববসু কবিগুম্বা নঙদি
ব্রাদি য়াম্না ঙাঙখি ঐনা
খেন্নবা হায়ববু
নঙনা তুমিন্না লৈগল্লি
ঐনা ব্রা য়াম্না ঙাঙই
লাইপোক কযাগী মখূৎতা
মায়থীববা শৈতান কয়াদৈ
ফংজখি লেমনা মচী পানবা নঙবু
অদুদগী ব্রাইবকই মালেমবু
নঙ ঐ চঙদুনা ।। ☐

## লৃম্বগী চাং

পিদোল্লবা অঙাং নঙনা
খঙদে কবিগীনো অসুক লৃন্নিবা
লৃম্বগী চাং! লৃম্বগী চাং !
য়াম্না হেল্লি
পমখৎচবফাও ঙমজদে নঙবু
অদুননি নখোয়না সোডোকথক্তা ফল্লিবা ।। □

# ইতা

মীৎকুপ অমগী মথংদা অমা
অসুম-অসুম মমশিনখি
ওল্লকই মন্নবা অহিং
অদুবু ঐদি খঙদ্রিনে কনাগীনো
অহিংসিগীবা ঐবু
নৎত্রগা অহিংসিবু ঐগীবা ?

করি ব্রাহেনো ইতাবোই
হিংবথক্কী ব্রাবেম্নু
শিননবরা হিংন-হিংনা
নুংশিনসিখক্তং হায়ববদি
কায়ননব্রা মম্ন-মম্না।

চাক্লিবা লম্মৈসে লাপ্না
ঙাইরনু ইতা অহিংগী লীক্লাদি
খম্নুনে ঙাইহক্তং
মঙাল ওইনা ঙালহনসিবা
নৎত্রগা
চোংশিন্নসিবা মৈবিলক্তা ? □

## লৈতবা ব্রাহৈ

মালেমথক্তা হৌবিবা উপাল
নঙ খঙত্রা হায়মু
কদায়নো পুন্সিগী মায়থীবা
কবিবুনো মপোক্কী মায় পাকপা
অনীগী লাল ঙম্নদ্রিবা ব্রাবীবু
কবিগী য়েংলি তুমিন্না ?

নঙনা ব্রাংখৎলবা তুংদা
কাউখি মালেম-ইমাবুদি
লাউজখি মায় পাকপগী লাললাউ
অদুবু তাবক্রে
নঙগী অমুনবা উনাদি লৈমায়থক্তা
মায়থীবগী শক্রোন পুদুনা ।। □

## চাংদম্নবা

ঐশ্বী মীৎ অনী ভূমশিনবগা
ঙমদ্রবদা পাঙবা অমূক হন্না
খেন্নবা খঙলকই ঃ নুংশিৎ অমসুং খোঞ্জেল
খেন্নবা খঙলকই ঃ পোৎলোইবিবা অমসুং পচ্ছখিবা
খেন্নবা খঙলকই ঃ মৈ অমসুং ঈশিং ।। □

## পুন্সি

নঙদি অয়ুক্তী কোবৌগুম
কয়াদা নিংথিজরবনো
মশেক-মঙালগা লোয়ননা
ব্রাংখৎলক্রিবা অসুম-অসুম
অতিয়া পক্লা।

অদুবু খঙহৌদে
তুথবক্লি নঙদি
মহৌশাগী মতৌগুম
লোম্বোক্তবী সন্ধ্যাদা
অহিংগী চবন্দা
লেঙদ্রবা ঈপাক্তা।। ☐

## লোম্না ফজবা

চাংদম্লকই ঐনা
চেকশিনহৌদ্রবা নঙগী ময়ায়গা
মঙাও থীবা য়ুগী নিষাগা
অদুবু ঙসিদি খঙলে ঃ হে থম্মোয়
নঙদি তোম্বি মতিক
হেঙ্গৎলকই ফজবা নঙগী শক্তম ।। ☐

## খোঙচৎ কায়বা

ঐদি থাজদে নঙবু হে পৃথিবী
নোক্লিংই নঙনা মতুম তায় লাউজরিবা
থাজদে নঙনা উংলি হায়বা
করিগী ফংদ্রিবা শান্তিগী মপাউ
করিগীনো থেংনদ্রিবা মী অমত্তা ।। □

## অনৌবা মঙাল-১

হে থম্মোয়
শাস্ত্রগী আদি গুরু
পুর্ণিমাগী থাজ
থাশিগী অহিং
নঙবু থাদোক্তুনা চৎখ্রেনে
হিংচাবী থৌদোক কয়াদি
অদুবু ঙসিগী ঐগী থম্মোয়সিনা
মচেই তাবা শত্তম কয়াদো
মোমোন-মোমোন্নববা থাজগী মায়থোঙগুম
থোক্লককলোনে নঙনা থম্মোয়দৈ।। ◻

## অনৌবা মঙাল-২

থামম্বা অহিং অসিদা
ব্রাখল থম্মোয় অনীগী
লংদাইফমদা লেপ্পুনা
থিবি ঐনা মঙাল অমা
নত্তে নোংমদোনগী থব্রান
নত্তে চীংগী লাম্মৈসু
ওইসনু মৈবা'মা ওইনিংবা
নাইদসনু মশক-মওংসু
মঙালদুতনি ফংনিংবা
অমম্বসিদং কোক্লবা
মনীং-তম্না পাইবিবা
থম্মোয় মাবু ওৎলিবা
পুন্সি চৈথেং পীবিবা
ব্রাবী মাবু মাঙনবা ॥□

## তাকপিয়ু ইমা

হে অপাম্বা, কল্লকপা, য়েংথীবা...
হায়খিঃ ইচাগী অপাম্বা পীগনি
নহৈ তম্মু, নহৈ হৈয়ু।

অদুবু ইমা নচাদি
শকউদবা মৃত্তিশিং
নংত্রগা
উববা জগোইগী ধৃৎশাশিং কয়াগা
পূম্না
শান্নজববা ফাওবা শান্নপোৎকুম্না
ফংবদি ওমজদ্রে নচাগী ওইনা মখোয়বু।

খওদে পলেম মসিবু
হকচাংসিনরা নংত্রগা থব্রায় মানবা
পূনবা য়াদ্রিবা মখোয়গা ? □

## কিগনবা

নিংথৌনা শেম্বা নিয়মগী মখাদা
ঐনা হায়ঃ ঐ লৈনিংদে, লৈনিংদে
অদুবু ঐ অদুম মবৈ ।
ঐগী লোয়নবীনা হায়ঃ
নঙনা শেম্বা নিয়মগী মখাদা
ঐ লৈনিংদে, ঐ লৈনিংদে
অদুবু মাসু অদুম মরৈ

হূইনা মফম খঙদনা খোংই।

নিংথৌবু কিকদে ঐ
কিবিবদি হূই অমসুং নূপীনি
হূইনা খোংবা তাববদা ঐনা
চেনশিল্লি ইমুংদা য়াম্না কল্লা
অদুবু অমুকসু চেম্থোবকখি ইমুংদৈ
তাববদা ঐগী নূপীগী খোঞ্জেল ।।□

## লাই মীফম

'নঙদি কবি-কবি থেংনবকই'
লাই-ফত্ত-মকোক অদুনা
পাউহংলকই লাইযামশিংদুদা।
লাই'মনা পাউখুন্নকইঃ
'তাইবং মপুবুদি অমত্তনি হাযহৌই
পৈসাদি কন্না লাৎহৌই
পৈসাবু লাইনি ভাঙহৌই।'

'অতৈদি ?'

'মাইক্রোফোন পায়দুনা লেপহৌই
ইকোক নোনজবি লাউহৌই
মাগী কোক্তি নোনখিদে
মকোক পানবসু উবক্তে।'

'মথংদি ?'

'হুই মমৈবু উতোং হক্রগা
চুমথোকপা ঙম্মোই হাযহৌই
উতোংদি খক হুকহৌদে
হুইসু মীসু চপ মান্ননা
উতোং অমত্তা পালহৌদে ...।'

'য়াবে থেম্নকদ্রবসু
মথোয পূম্বা ঐগী মীনি।'

লাইযামশিংদু মথং-মথং হৌগৎনখি ॥☐

## ঙসি অমসুং হযেং

মপান নাইদ’ঈপাক্লি
মফম খঙদা ঈচেন্নি।
ঐশী ঐশী লমচৎকী
ঙসি মাদি মচৎখি।
হয়েং কৌবা নহাক্কী
পুন্সিবু পাংদবা ওম্লোকখি।
মিংচৎ কৌবা লাইদুগী
ফিদম মাদি কাউথোকখি।
ঙসি কৌবা নুমিৎকী
তরা চাক্তি মচাখি।
তাইবং কৌবা মপোক্কী
শিন্থা পাংবদি মন্নাৎখি।
পুন্সি সন্ধ্যা ওইবক্লে
ফগ্রেন থক্তা ওল্লক্লে।
পিবাং মাবু শিন্থজা
ফিজোল ঐশী চোৎলক্লে।
মতম নঙতা নীংলক্লে
তাইবংদি উফূল ওইবগ্রে।। □

## চৈনা

নুমিত্তা কেন্দল থানবগী
থাবলদা মৈবা পুবগী
লৈকংদা থোং শাবগী
লাউথোকই গথানা থোংলদুনা।

শায়ামশিংদু কন্না চেনশিল্লি
গথানা কাওবকই খুবাই তন্না ফ্রুং-ফ্রুং॥ □

## চেকপল

হে চেকপল,
নঙনা নঙগী পন্নুংদা
পাংদবা ঐবুদি থমবিয়ু
অদুবু ঙম্মোই নঙনা খনজিনবা
সন্ধ্যানা মোমোন তৌজবা।

পীয়ু চৈবাক পীনীংবা
ঙম্মোই ঐদি য়েংদবা
কোবৌনা নোকফেৎ তৌজবা
ঙম্মোই ঐদি নোক্তবা
লৈচিলনা কোয়না পাইবিবা
ঙম্মোই ঐদি উদবা।

শুক্র-মন্নবা অহিংনা
মপুগী থৌগল তৌজবা
নঙনা কবম্না থিংলুনি
মখোয় পৃম্বা নাথৈবম
ঙম্মোই নঙবু কিকবা।। □

## চৎথ্রোনে অমুক্তা

চীং অমসুং চীং
শম্নরমদবদি ময়াই হায়বা
ঐ খঙই,
অদুবু ইকোয় কোয়শিল্লবসিদদি
নখোয় পূম্বা অমত্তনি ঐঙোন্দদি ।

অতিয়াগী থরান অমখক নত্তে হায়বদি
উজখি ঐসু
অদুবু, নোংপুবা থাশিগী অহিংসিদদি
নখোয় পূম্বা অমত্তনি ঐগী ইফমদদি।
নশক উত্তবা
নঙাল ময়াউদবা
নঙগী খাক লাউবিবা নোংথাংলক্তা।

য়েংঙুঃ চাক্লিবা মৈবি
উমং-ব্রামংদা
তাওঃ খাক লাউবিবা
লৌবুক-লম্নাংদা...।

হে অতিযাবু খঞ্জিনলিবা লৈচিল,
নঙ চৎথ্রোনে
তাহৌবসনু অতিয়াগী লীক্লাদি মনীং-তম্না
মুৎথ্রসনু চাক্লিবা মৈবি তুম্না।

চৎলু হে থরান নঙসু
হুন্থক নঙগী মৈবি
সমুদ্রগী ঈপাক্তা।

ঐ খণ্ডই,

সমুদ্রবু নঙনা কবিসু তৌকবা ঙম্মোই
মতমসিদা সমুদ্র অমসুং চীং-তম
অমত্তনি ইফমদদি ॥ □

## মতম

অমুবা য়েনবীনা কোক্রকই অঙৌবা য়েকম
কনানসু ব্রাবৌনদে
য়োৎ ওল্লবা খূৎনা শেগাইবিবি মালেম
কনানসু ব্রাবিরূদে
অঙস্কগী ঙৌব’ চেবাংথক্তা হীপ্রি ঙক্র-ঙক্রবা হকচাং
কনানসু ব্রাকৎনদে ।। □

ঐনা ঐঙোন্দা

মতমগী মিংচৎ ফংনবা
শিক্লনু অমুক হন্না
শিবা মাবু ঙম্লবা
উৎলুনু নৌনা নথৌনা
লাই নীংউ নথন্তা
থোরকউ মীয়ামলত্তা
মপুসু নীংজগে ঙাওবদি ঙাওজবোই থল্লবা
তাৎনি নঙ, ওইদবনি
মীওইবা জাতিগীদমক ঙাওবকপা
চুন্নবনি নঙ, ওইরবনি মী ॥ □

## অঙাওবা অমমমগী ৱাবী

লাক্লম্মী ঐগী নাক্তা অঙাওবা অমা
ঈশৈ তৌসি হায়বৈ ইনাক্তা নোংমা
থেন্নদুনা হায়খি ঐনা মাবু
'হযেং অমুক্তা লাকপিয়ু ।'

চৎলি ঐসু নীংথিজনা অঙম্বা মাগী নাক্তা
লৈবাক শেমসি হায়কই মনাক্তা ঙসি
য়েংলদুনা হায়খি মানা ঐবু
'হয়েং অমুক্তা লাকপিয়ু ' ॥ □

## নীংশিংলগা ইবা

কবিগীনো সন্ধ্যাসিদা শান্ননিংলিবা নতম্বাক্তা ঐনা
কবিগী নীংশিংলি হৌখ্রবা ৱাবীবু নৌহৌনা
হৌখ্রবা পুন্সি নঙনা পুন্সিগী মপু ওইনা ঐগী
কবিগী লমজিংবিবি কদাযদনো লম্বীসিদা ঐবু
কবম্বা মনানো লমজেল্লুবগী ওইবরোইদবা পম্মুং তম্লা ।। □

## অতিথি

অতিথিনি ঐদি
নঙগী শঙ্গায়সিদাঃনিংথিবা লৈকোলসিদা
অদুবু নঙনদি চৎহন্নিংলি ঐবু
অসুম-অসুম, মীৎকুপ খবগী তুংসিদা।

নঙনদি তাম্লোকনিংলি ঐবু
য়াম্না লাপ্না উরবোইদবা মফমদা
ঐনদি লৈনীংলি
য়াম্না থেংনা, থাজনা তাদ্রিফাও ।

পাইনিংলি লৈকোলসিদা
ইনীং-তম্না, ইশা য়াউজদ্র'হকচাংসিনা
অদুবু কদায়দনো ঐবু
মফমদি খঙদা, চৎলিনে কাউকব' ইয়ুম পাংনা

খঙলে, নঙতগী লিলানি পূম্নমক
শান্নজবনি পাংদ্রবা ননাইনা
নয়াখং ঙাকচবা মতমগী ফম্বাক্তা
ফম্বাকথক্তা উৎচবা অতিথিগী মশক্লি ।। □

# হোংবা নাইদবা শক্তম

(১)

ঐগী লোয়নবীদনি
হনুবক্লিবা অসুম-অসুম
লৈজদে ঐগীদি অহোংবা
হাকুমসু মসিমক্লি ঐগী লাঙোল
কুমসিসু মসিমক্লি ঐগী কোকয়েৎ
ঙসিসু মসিমক্লি ঐগী ইশক।

(২)

অব্রা-অনাতনা পীক থন্না
অদুগা মনিল কারবা
ঈশিং গ্লাস অমা ইমাঙমক্তদা
থন্নকই ঐগী লোয়নবীনা।
তপ্লি-তপ্লি মনিলদুনা
ওৎলি ঐগী অমসুং ইচাশিংগী মীৎ
অদুদগী কদায়দনো কপ্পগী খোঙ্গেল তারকই।। ☐

১। অবোইবা খোঞ্জেল (শৈবেং) - *মুফিদুন নিসা (২০০১)*

২। ৱক্ফ লো অমসুং ৱক্ফ চৎনবকপা - *এম এম অহমদ (২০০২)*

৩। অনাবকলি (নোবেল)- *বেঞ্জামিন এম শাহ (২০০৩)*

৪। শজিবুগী চীংথ্রাউ মপাল (ৱাবী মচা)- *কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (২০০৪)*

৫। ঈপাক্তা তিনখ্রবা পিবাং (শৈবেং)- *এন নিশা (২০০৫)*

পান্থৈ - ২০০৩